# তুতেংলোন

( তুদেংলোন )

—( ১ )—

ইজবা :

**শ্রীনোংমাইথেম মনাওয়াইমা সিংহ**

ককচিং খুলেল মোইরাংথেম লৈকাই ।

অহানবা খুংনমদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী মতেং ফংঙবা।
মণিপুর বিশ্ব-বিদ্যালয়না Old Manipuri Literature গী
Text Book ওইনা খনগৎপীরবা।

# তুতেংলোন

( তুদেংলোন )

—( ০ )—

লাইরিক মচা অসিবু মণিপুর বিশ্ব-বিদ্যালয়না "ওল্ড মণিপুরী
লিটেরেচর" গী টেক্স বুক ওইনা লৌশিনবিহনা থাইনগী
অরিবা মণিপুরী সাহিত্যবু খুংমাজবদা পুক্লিং
অমসুং ৱাখল থৌগৎপীরকপগীদমক
কর্ত্তৃপক্ষবু হন্না হন্না থাগৎচরি।

ইজবা:
শ্রীনোংমাইথেম মনাওয়াইমা সিংহ
ককচিং খুলেল মোইরাংথেম লৈকাই।

ফোংদবী : এন, চন্দ্রাবলি দেবী

কোপী মশীং : ১০০০

অহানবা ফোংবা : মার্চ ২৪, ১৯৮০ ইং ।
অনিশুবা ফোংবা : ১৯৮৮ ইং ।



মমল : লুপা ৭-০০

লাইব্রিক লংফম : ১ । অইবা মশামক ।
২ । ডিগ এণ্ড কোং, ককচিং বাজার ।
৩ । সহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল ।

নম্ফম : দি লিলা সিংহ মেমোরিয়েল প্রেস,
ককচিং বাজার, মণিপুর ।

# ৱাহৈ খৰদং

থাইনগী অরিবা লাইরিক খরা পাজরুবদা "তুতেংলোন" কৌবা লাইরিক অসি থেংনজে। লাইরিক অসি মীয়াম্না পাবদা খুদোং চানবা খনজতুনা বেঙ্গলি ময়েক্তা পুথোক্লবা হোৎনজে। লাইরিক অসি ফোংদোক্লবা হোৎনবদা "মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী" না শেলগী মতেং খরা পীবিরকখি। তেংবাং অসিমক নংলমদ্রবদি ফোংদোকচবা ঙম্নমগনি হায়বা ৱাখল লৈজদে। লাইরিক অসি ফোংদোক্লিংবগী ৱাখল লাকপা মতমদা ঐবু পম্থৌ শক্লা হোৎনবিরিবা "শ্রীযুক্ত নাওরেম অমুয়াইমা সিংহ ভূৎপর্ব পণ্ডিত অচৌবা, সনা কোনুং। বরতমান পেন্সিন্নর এণ্ড ফেলোসিফ" "মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী" না অরিবা কপি অমগা পীবিরকখি। অরিবা লাইরিকশিং অসি অমগা অমগা ৱাহৈ ৱাতা খরা খরা থেন্নবা লৈবা অহ্নু য়েংজবা ফংহনবিখিবা ওজা অসিবু হন্না হন্না থাগৎচরি। লাইরিক অসিগী মনুংদা ৱাহৈ ৱাতা, চৈতপ নুংতপ ৱাংপা কয়া য়াওবা থেংনতুনা পাবিরিবশিংনা তাকপীরক্লবদি হরাওনা লৌজগনি। অতুগা মথংগী খুংনমদা চুমথোকচগনি। লাইরিক অসি পাবদা মীয়ামগী কান্নবা খরদংবু ফংলবদি ফোংজবগী মহৈ য়াল্লে খনজগনি।

ককচিং,<br>তাং ২২ | ৩ | ৮০ ইং।

অইবা—<br>শ্রীনোংমাইথেম মনাওয়াইমা সিংহ

# ৱাহৈ শরদং

'তুতেংলোন' অরিবা মণিপুরী লোন্দা ইবা ময়াম্না তানরবা মশক নাইবা লাইরিক্নি। য়োইমোংবা তাওথিংমাং মচিন মনাও অনীনা মণিপুরগী তুরেল তেংখিবগী মরমদা ইবা লাইরিক্নি। মতম্না খৃষ্টগী চহী ২৬৪ দগী ৩৬৪ ফাওবগী মনুংদনি। লাইরিক অসিদা মণিপুরগী লম্মিং কয়ানক্রুম থাবগী ৱারোল পল্লি। খুদম ওইনা, "ককয়েল মশা পাংমনা লাইজ ঈবু থিংলে, ঈথিংও তৌনা কৌএ।" য়োইমোংববু ককয়েল মীওম্বনা চেনশ্রবদা, মনাও তাওথিংমাংনা তেম্না কাপ্লক্লুনা ককয়েল মীওম্বদা পানখি অমসুং য়োইমোংবগী থাঙনা উচেক অতুগী মশা ককথৎখি। অতুগী তুংদা উচেক্না চেল্লুবগী চুক শাবগী ৱারোলসু পল্লি। অতোপ্পা অমনা লাইরিক অসিদা মচিন মনাওগী ফজবা মরী, লৈবাক্কী নিংথৌ খুভম ফংফম থোকপা মী অদু শৈনাইবা ওইবা য়াদে হায়বসু উৎলি। লোয়ননা লৈবাক্কী শেমগৎ শাগৎপগী লম্বীদা নুপী নুপা অনী অসি অমনা অমদগী মতেং লৌনদবা য়াদে অমসুং শা-লানগী মতমদসু নুপীগী মতেং য়াম্না চওই হায়বা উৎলি।

শ্রীমনাওয়াইমা মণিপুরগী অরিবা সাহিত্যবু থিজিনবা মীনি অমসুং মশামক মণিপুরী জগোইবুসু মমুৎ তানা খওলবা মীওইনি। মহাক্কী অহানবা লাইরিক 'চেংলৈরোন' অমসুং হন্দক্কী 'তুতেংলোন' অর্থগা লোয়ননা ফোঙবসি নহারোল ছাত্রশিংগী কান্নবতা নত্তুনা মণিপুরীসাহিত্যবু নৈনবা মীওই কয়াদসু কান্নগনি।

ইম্ফাল,
তাং ২/৩/৮০ ইং।

শ্রীসি·এচ, মনিহার সিংহ
সেক্রেটরি, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী।

# তুতেংলোন

## ( তুদেংলোন )

—( ০ )—

হয়া হে লীকলাইও ইবুংথৌ নোংথৌরেন পুমাবও নহান নোং হয়িভৈগী লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংবগা, মশানৌ উনৌ কোনদে য়োইহৈতোন তাওথিংমাংগা অনিমগী তুবী মতে হৈ, লাইরেল মণ্ডল য়াম্ববু নদাইরেম চিনকোই ইরাকমনা হয়া লাউনা তেংথাচরকে।

নয়োল মৈতৈ লৈমা নোংবানলোন নোংমোইন্নু অহোংপী সনা লিনকোইকী; লাইরেন ঙাইঙোই য়োইমোংবগা মশানৌ কোনদে য়োইহৈতোন তাওথিংমাংগা অনিমপু শাৎমন্নেএ। মমোম লৈমা লাইরোক লেম্বীস্নং ফুইমন্নএ হায়তপরা।

---

লীকলাই—মতিক মগুণ লৈবা। নোংথোরেন—অচৌবা নিংথৌ। নহাননোং—থাইন মমাংভৈ। হয়িভৈগী — থাইনভৈগী। মশানৌ —মনাও। উনৌ কোনদে য়োইহৈতোন— মনাও অতোম্বা, কোন্না পোকপা। চিনকোই ইরাকমনা — ইচিন্না রা হায়জবনা। নয়োল — নবেন। নোংবানলোন— অঙোম নিঙোল। লিনকোই—পুকন্নুং।

মশাবী লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংবনা মশানৌদা পাওমেল-ঙামএ। ইশানৌ য়োইহৈতোন তাওথিংমাংও, নহান নোং ইপল পলেম ইমা নোংমোইন্নু অহোংবীনা তুশারনপপু লৈএ। শানৌ ইচিল ইনাওতি মোংবা অমরক তুতেংহৌসে। শানৌ নংতে লিলহ্লাই ঈ মরু ফাৎলৌ লাইমকোন, মিরা পোংথোকলম, লমলেন কোলবীরং, ঔরী শমাইথাং তেললৌ লমদাই থেৎ, হংঙোই কোনথিং নুরাবীনা হ্লাইকোইরম, তাংজ লিলা পাখংবনা হ্লাইচৎলমদা। শানৌ নং থৌনাও। নুংবী খুলথাই য়ামদে, তামনা ফৈদোই হকতে। লিরেন কংশি নিকতে। লাইজ ঈনুং হকতে। মেনাং তনবা খুয়ৌ ঙানজো হুন্দে। শংলৌ উচিনা তেক্তেকপান এলখুরৈ হ্লালশহ্লাক, হ্লাংগল অকলবদি তাংকোৎ চৈশৌদে। য়েল্লাং খুংখাংদে। নোইন্নু থুম-গাইবনে। শংলৌ নুংগন্দবরমদা শানৌ নং থৌনাও। নশাবী ঐদি কৌবা ঈ মরু চিংবন পলহ্লাইরু, তুরেল লোকচা মংজা ঈ, শরোল মংলোন ঈদি নুংবী খলথাই য়ামএ। তামনা ফৈদোই হকএ। লিরেন

---

পাওমেনঙামলকএ—হ্লা হায়রকএ। তুশারম্না—হ্লারী শারম্না। লিলহ্লাই ঈ মরু — লম অমগী মমিং, ইরিল তুরেল মরু। লাইম-কোন—লাইয়ামনা লৈবা মফম, লাইফম। মিরা পোংথোকলম ……। ঔরী শমাইথাং ………। লমদাইথেৎ—লম নভাই। হংঙোই কোনথিং নুরাবীনা হ্লাইকোইরম—হংঙোই কোনথিং নুরাবীনা কোইবা লম। হ্লাইচৎলম—পুবা লম। খলথাই—অকনবা, অকম্না। ঈনুং হক্তে—ঈশিং লুদে, থুমদে। মেনাং তনবা খুয়ৌ ঙমজো হুন্দে —কাওশিং কাওরা য়াম্না তাওদে।

কংশি নিকএ। মেলাং তনবা খুয়ৌ ঙামজৌ হুলএ। তেকপি ওকলক কোন্দা পালবা এল। শংলৌ য়েন থারাম, থারাম নাপাকপস্থুং তাংগোৎ চৈশৌএ। এলাং খুংখাংয়ে। নোইন্নু থুমগাই লৈতে। সংলৌ ন্নুংগনবরম্বু নশাবী ঐ থৌনাগে হায়না তুবী মরৌ লৌনা হৈনা কোইনখিএ।

লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা থুমনাও, এন্নাও অপকমবু য়াহৌখিয়ে। মোংবা মচল মমোম থিঙ্গ্রাবীনা খুনলোং নাথং লোম্না ৱাংলৈ য়ুশিন তমজখিএ। থৌরৈ ৱাখরেকনা থৌজেন লঙ্গাইজখিএ। পোলবী শোঙাইরাবনা মকোক শিংথুম ন্নুরোই থেংনা শিনাই মাইগা চংজখিএ। লরাই হাওয়েম মোই চেক্লা মোইমাই কাংনা মথা মোইকাই তোপ মঙক ফিঙাং কিশিননা চরৈ ফিবাই লোনবাইজখিএ। পোলবী উরোক নম্বুরানা চরৈ ফিডুং খাওন্ননা চামলৌ

---

তাংকোৎ চৈশৌদে- শৌ-লাংনচিংবা অকনবা লৈতে। নোইন্নু—থুম। তমনা যৈদোই হকএ—চংবদা খুদোংথিবা অবানা লম ওইএ। লিরেন কংশি নিকএ—লি য়াম্না কুংনা হৌএ। তাংগোৎ চৈশৌএ—শৌ লাং য়াম্না লৈবা। য়েলাং খুংখাংয়ে—থৌ য়ামই, য়াম্না ৱাই। শংলৌ ন্নুংগনবরম্বু—থবক ৱাগদবা লম। থুমনাও—এন্নাও। অপকম—লোইনবা, পুন্ননক। মোংবা—উচেক অপিকপা মচা অমা, মোংবাতিতিং। মোংবা মচল মমোম থিঙ্গ্রাবীনা খুন্নোং নাথং লোম্না ৱাংলৈ য়ুশি তমজখিএ—মোংবা তিতিংকী মচল মচা থিঙ্গ্রাবীনা চাওবোং পাইদুনা শানৈ য়ুনৈখি। ৱাখরেক—উচেক নখল অমা। শিন্নাই মাইগা চংখিএ—অশিন অরাং নয়ান পানবা ওইখি। ফিডুং খাওন্ননা—ফি

লাখাং শিংখাংজখিএ। এনবী এনজাও খোং, চাওখোং সারাম্বীচানা খোংজী নারেং লোননা লাবা হাফুরো হাদং শাংনা হিরী ওইনৈএ। হাওহোং খুনা লীসীএ। খোংবান নাওরা তোংনাওখুনা থান ওইনৈএ। থৌনিংখুনা খোংনিং চংএ। থৌভান্নুনা খোমদোন লংএ। কাংত্রুক্না উরাওএ। থাডয়ি উথুম্বীচানা পুংদোইএ। থারুক্না অশৈএ। লাইরেন ভাংভোই য়োইমোংবদি তুরেল খুনিং খুয়াথেক। মোংবা হুমজিল হুময়া শোঙবু তু তেংথারকএ।

হাওরৈ খানা পাংবরমগী শারেং শমশাংবীচা, ভারেন কোক-পাকপীচা, ভামাই নুংয়েংবিচা, ভচিং চিংলোই নাই। লেনলৈ মশিং শুনা লম তমথংলকপবু পোলবীরা শোইবোল অমুবনা চিলকোই শৌরালভাম্বগী শারেংওন্দেখি ভারেল হলরাইখিববু। লাইরেল

---

থাওরান রানবা। চাওখোং সারাম্বীচা—উচেক মখল অমা। খোংজী নারেং লোন্না—খোংজী হকলগা নারেং লোনবা। হাফুরো হাদংশংনা—অরৈবা মী পুম্নমক, জীব পুম্নমক হোৎনুনা। থৌনিং খুনা……। খোমদো লংএ—খোমদো থংএ। কাংত্রুকনা- উচেক মখল অমা। উরাওবা—উ চিংবদা লাওবা, ঈশৈ চিংবা। পুংদোইএ – পুংরৈএ। থারুক—উচেক মখল অমা। অশৈএ - ঈশৈ হল্লে। খুনিং খুয়া থেক — তোর্ব্বান নাক য়েৎকী মথক মখা। মোংবা – তুরেল, য়ুম। হুমজিল হুময়া—লৈরাই থেককোই নাইবা। শোঙবু—অশোংববু। চিলকোই শৌরাল ভাম্বগী—মচিন্না ফাতুনা চাথোকপদগী। ওন্দেখি—হনখি। হলরাইখিববু—হল্লকখিববু। রারক থৌবাও তমনখিএ—

য়োইমোংবনা পোলবীরা শোইবোল অমুববু করিগী চিলকোই শৌরানঙাম্বনো হায়না মখোং মশা থেকনা রারক থৌবও তমনখিএ লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবদি। শোইরো থামলোগা, লুথুম লাংথাক্কা, মুনম খোইনমগা তমথখিএ। নেম্বী শিংনাং তানা কাও-থখিএ। পাকনা চাওনা নেনথখিএ। লাইরেল থরৈ মফাওথখিএ। লেমলৈ মহুনথরক্লবদা মশানৌ লিলরাই ঈ মরুগী থৌনারকপা। য়োইহৈতোন তাওথিংমাংনা মশাবী লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংববু কৌনা কৌনা ইন্দাললকপদা ঙাংঙোই য়োইমোংবদি থুমনাও পুম্না হুপনা থৌনাবনিগীনিনা। তানফংদরবদা মশানৌ তাওথিংমাংনা লিলরাই মদাইমা উরুপ পোংহৈ-থাবু য়ৌরবদা। খোইমা লাংদোন থক্তা তোংনা চেক্লা য়োমদম পাইঙাম্বদা পাওহংববু নশাবী য়োইজং-লেন তমহৈবদি থুমনাও পুম্না হুপ। য়েনাও পাকনা তাইনা থৌনাবা অসিনে। পাওতাক খোনগী য়োইহৈতোন তাওথিংমাংনা মশাবী

---

রারক রাতেমখি, চৈরাক পীখি। খামলো—নৌ। মুনম খোইনমগা —মু নমহুনা ঙা ফাবা, ( ইলদা মচৈ অনি পান্দুনা মী অনিনা মচৈ অহু অমমম পাইনরগা ঙা ফাবা মখল অমা )। থরৈ—খা মায়কৈ। ইন্দাললকপা— তাল্লকপা, তুংইল্লকপা। থুমনাও—য়েল মচা, য়েন্নাও, উচেক মচা। থৌনাবনিগীনিনা—থবক তৌবা ওইবনিনা। তানফং-দরবদা—তানবা ফংদরবদা। মশানৌ—মনাও নিপা। লিলরাই—ঈরিল তুরেল। মদাইমা—মফম। উরুপ পোংহৈথা—লম অমগী মিং, ঈরিল তুরেলগী মফম অমগী মিং। খোইমা—নাপী। চেকলা য়োমদম পাইঙাম্বদা—উচেকময়াম পাইবদা। পাওতাক খোনগী—

লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবগা লমঙকনরে হায়দবরা। অতু নোং-গীবু লমলেন ঈরিল লোংও তৌনা কৌএ। অতুসুং মদোমদে। লাইরেল মচিন মনাওদি মপুম (ময়ুম) হাওয়ুম য়ুমনাক ১০০ (চামা) তাবদা ৱাইথুংখিএ। লোইবী হাওয়ুম মরৈ মপী হাওশি পনথোং খৈবী খোইদোম লুপ্রাবী থৌরৈ য়োৎমিংনা তেৎনৌ তোনথাংমু শাফবীদা ৱাইথুংলরে।

হাওয়ুম মরৈ মপিনা পাওহংঙামএ। মোংবা মচিন মনাওদি করি লোইবু লোইহাগে লাকপনো ? ককয়েন মীঙম্বনা লান্দারিএ। শানৌ মচিন-মনাওবু হৈখিরগনিএ। হায়না পাওমেনঙামএ পাও-তাকঙামএ। তৌইগীদি মোংবা মচিন মনাওনা পাওহংখিএ। হে লোইবী হাওয়ুম মরৈ মপীও। লোইবী চিং ককয়েন মীঙম্বদি হুয়েন কদাইরম লান্দারিবনো হায়না পাওহংববু। হোইদা লাইরেল ঙাঙোই য়োইমোংবও। ককয়েন মীঙম্বদি থোংনাং মোংবী চিংমহুত্তা হুয়েন লান্দারিএ। লেমলৈ ঙা তাবা নোংদি লেললৈ ঙাথোং থিংএ। শারেন শাদাবা নোংদি শারেন শাথোং লোললে। নমু পোং তাবা নোংদি

---

তাকপদগী। লমঙকনরে—উনরে, ঙক্লরে। ঈরিললোং—তুরেল লোংবা, তুরেল অনিনা অমতা ওইবা। ৱাইথুংখিএ—থুংখরে, য়ৌ-খরে। পাওহংঙামএ—পাও হংলকএ। করি লোইবু লোইহাগে লাকপনো— করম্বা লোইপোৎ লৌগে লাকপনো। হৈখিরগনিএ— ফাগ্রগনিএ। পাওতাকঙামএ—তাকপীরমএ। তৌইগীদি—তৌই-গুম্বসুং। ঙা তাবা নোংদি—ঙাদা তাবা নুমিত্তি। শাদাবা নোংদি —শাদা তারবা নুমিত্তি। নমু পোং তাবা নোংদি—মীদা তারবা

মালেম লয়বু হুপ। কোরৌ নোংবু অৱাং নোংবু খোললে। মোমন্নু শুমাং নুংনাং ফাদে। কংলৈ য়াথোকফদে। লৈকাই থাম্বী মৈরৌ-ফদে। শুনা হাওদৈ কাংফদে। লংলা ওইরম হুনফদে। নাম্বা তেমজিন লোনফদে। লৈরাই হুইশোল কাফদে। পুলাং লুয়োই থোংনা লাইজ ঈপাল লাংফদে। থুমনাওগুম চংনা ৱাই য়েন্নাওগুম হিংফোইনএ। মোংবা নচিন ননাওবু হৈরগনে হায়না পাওমেলঙামএ।

তৌইগুম শানৌ ইচিন ইনাওদি ফান হৈবু শেমসে হুন্না হৈবু তাওখংসে। মোমন্নু শুনা থাংদিল্লাং কান্দা কিশি লাং, মোংবা ইলগোই লাংবু লাংশেমসে। হায়না মোংবা চংলম ফানশাং ইন্না লাংদম্ববু লোইবী হাওয়ুম মরৈ মপীনা পাওমেলঙামলকএ। মোংবা নচিন ননাওনা ইনুং সোইয়াইমদা লাংদম্ববু লোইবী চাং ককয়েনবু ফাঙামলোইএ। নমু পোংজেনববু য়োনদনা ফাগে হায়রবদি য়োইবু

---

নুমিত্তি। লয়বু হুপ—লৈপাক পুম্নমক, মী পুম্নমক। মোমন্নু শুমাং নুংনাং ফদে—নুপীনা শুমাংদা লাংবা য়াদে। কংলৈ য়াথোকফদে—লমজাও শোরোক্তা চৎপোকপা য়াদে। শুনা হাওদৈ কাংফদে—শুনা কাংবা য়াদে। নাম্বা তেমজিন লোনফদে—ফি শাবা তেম লোন্দুনা তেম থেংবা য়াদে। লৈরাই হুইশোল কাফদে—লৈরাই অঙম্বা, অৱাংবা কাবা য়াদে। থুমনাওগুম চংনা ৱাই—উচেক মচা, য়েন্নাও-গুম্না চংনা লাকপা। হিংফোইনএ—হিংনা ফাইএ। হৈরগনে—ফাগ্রগনি। ফান হৈবু—ফান লাংবু। হুন্না হৈবু—লাং। চংলম ফানশাং ইন্না—চংনবা মতুংইন্না। ফাঙামলোইএ—ফাবা ঙম্লোইএ। পোংজেনবা—মী চেনবা, পুবা। য়োন্দনা—শোয়দনা। কুবিও—

খোইমোম লাইরেমমা লৈমরেন সিদবীগী থাঙলেন মখুৎশু য়াইওইবা, তেনবী য়াইওইববু কুবিও হায়না পুরুমজরুও। থাঙলেন য়াইওইবগা, তেনবী য়াইওইবগবু লনকুবিরবদি ককয়েন মীঙম্ববু য়োন্দনা ফারাঙনে। হায়না পাওমেনখোনগীবু। লাইরেল মচিন মনাওদি হাওরে অরাং লাইনা পাংবারমদা তেখৎলকএ।

য়োইবু খোইমোম লাইরেমমা লৈমরেন সিদবীগী সনা মখোং থাদা রাইথুংলরবগা। মোংবা মচিন মনাওনা মলেম লয়দ পকনা পুরুমজরবদা য়োইবু খোইমোম লাইরেমম্মানা পাওহংঙামএ। লাইরেল মচিন মনাওনা মালেম লয়দা পকনা পুরুম্বা অসিবু থৌরম করি ওই-বনো। হায়না পাওহংববু। হোইদা ইমা য়োইবু খোইমোম লাই-রেমমা। মালেম লৈরেন ইনবীও। খাবী চামা শিন্তাকপী। অমাই চামা শিন্দম্বী। লয়নুং লিরী লিফৌবী মঙরাইবী, শজি লাংকা পপীও, লাইরেল ইচিন ইনাওদা থাঙলেন মখুৎসু য়াইওইবগা তেনবী য়াইওইবগবু লনকুঙামও হায়না পুনেম খোনগী। মালেম লয়বুরুম্বী, লৈমরেন সিদবীনা থাঙলেন মখুৎসু য়াইওইবগা, তেনবী য়াইওইবগবু লনকুপিঙামএ। মোংবা মচিন মনাওনা রাকয়ৈ হিকুনুংদা হাপনা

---

পিবীও। পুরুমজরুও—খুরুমজরুও। লনকুবীরবদি—পিবীরবদি। ফারাঙৈনে—ফাবা ঙমগনিএ। অরাং লায়না পাংবরমদা—অরাং মাইকৈরোমদা। রাইথুংলরবগা—থুংলবগা। লাইরেন—নিংথৌ। থৌরম করি ওইবনো—করি মরমগীনো। পাওহংববু—রা হংববু। খাবী—মাইবী। অমাই—মাইবা। লনকুপিঙামএ—পিবিরে। রাকয়ৈ হিকুনুংদা—হিনুংদা, হি মনুংদা। মোংবা তুথুপমদা—

হাওরৈ খানা পাংবরম। মোংবা খুংলম ইন্না হুয়েন লান্দারকএ। মোংবা তুথুপমদা থাংলেন মরাই হৌরবগী। ৱাকয়ৈ হিবু ককথোকঙামএ। তোংজেং হিবু শমথংঙামএ। থাংলেন য়াইওইবস্রুং তেনবী য়াইওইবস্রুং লাইজ ঈরোনন্নুংদা তুমখিরে।

অদু নোংগীবু মোংবা হিয়াং তেকও তৌনা কৌএ। লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবদি ৱাকয়ৈ নাওদা তোংনা অৱাং লাইনা পাংনা তেখংলকএ। মশানৌ তাওথিংমাংদি। তোংজেং লুদা তোংনা হাওরৈ খানা পাংবরমদা কুমথখিএ। চিংশোং লমলৈমনা তাওজিং হৈফু মতোন তোংনা খোংথৈঙামলকএ। তোংজেং নাওদা তোংনা হাওরৈ অৱাং লাইনা পাংনা কাখিবা নংদ ⁰খ্বাং য়োং হন্নু হন্নু ময়াই কারবীবু। য়েংমু মতিক য়েংনা লুমনক্লৈঙনে। ৱাকয়ৈ লুদা তোংনা হাওরৈ খানা থরৈলেমলৈ পাংনা কুমথখিবা নংদি ⁰লৈমা ন্নুংথ

---

তুরেল তোরৈ অমদা। মরাই হৌরবগী—মথি ফোংবদগী। ককথোকঙামএ - ককথংলে। শমথংঙামলে— তংলে, ময়াইদা তক্তুনা অনি থোক্লে। ঈরোনন্নুংদা— ঈশিং মন্নুংদা। তুমখিরে—তাখরে, লুপখরে। অদু নোংগীবু—ন্নুমং অতুদগী, মতম অতুদগী। ৱাকয়ৈ নাওদা— হিনাওদা। অৱাং লাইনা পাংনা—অৱাং মায়কৈ পাংনা। তোংজেং লুদা—হিক্লুদা। হাওরৈ খানা পাংবরমদা—মথা মায়কৈরোমদা। চিংশোং লমলৈমনা তাওজিং হৈফু মতোন তোংনা খোংথৈরমএ—চীংগী থুন্নুনা হৈফু (হৈক্র) মতোন্দা তোংহুনা খোংলকই। লুমনক্লৈঙনে—পাম্নগনি, লৌনা লৈনবা। শমু নাক্তা থারঙৈনে—ননাক্তা লৈরগনিএ। ⁰খ্বাং য়োং হন্নু— ⁰লৈমা ন্নুংথি তরেংবী—

তরেংবীবু শমু নাক্তা থারঙৈনে হায়না খোংখৈঙমএ। য়োইহৈতোন তাওথিংমাংদি হাওয়ুম য়ুমনাক চামা তাবদা ৱাইথুংলুরে। হাওয়ুম মরৈ মপী হাওসি পঙ্গোং খৈবী খোইদোম লুপ্রাবী, তেৎনৌ তোংথাং-নুবীগী মোংবা চৎলম ফানশাংনুংদা সানথুপ্পবু। হাওয়ুম মরৈ মপীনা পাওমেল্লকএ। য়োইহৈতোন তাওথিংমাংও। লোইবী চীং ককয়েনবু ফাগে হায়রবদি লোইদাম থাবুম অমবু চুপ্পা। তরা চা-হেন তমলবদি, লোইবী চীং ককয়েন ফাঙৈনে। হায়না পাওতাক্লবদা। য়োইহৈ-তোন তাওথিংমাংদি লোইদাম থাবুম'মগী চাকলুক হুমফুম্মু তরা চবুমম্মু হুপ্তনা, লেমলৈ ঙাতোংমবু শেন্তা ৱানজেং সৌরাই তাদনা, লোইদাম থাবুম অমবু শানথুপলবদা। হাওয়ুম মরৈ মপীনা অনৌবা ৱাহন-লকএ।

য়োইহৈতোন তাওথিংমাংও। লোইবী চীং ককয়েনবু তুবী নতোম ফাঙামলোইএ। নচী ঙাংঙোই য়োইমোংববু থিখংলুও হায়না পাওমেনখোনগী। মশানৌ তাওথিংমাংনা অসাইঙৈগী চাকলুক হুমফুম তরা চাপুম ওইরবা অত্থবু। ৱাকয়ৈ হিতুপ নুংদা হাপনা

---

ৱাইথুংলুরে — থুংলুরে, য়োরে। মোংবা—য়ুম, তুরেল। মোংবা চৎলম ফানশাংনুং—ইমুংগী হৌন চৎনবীগী মনুংদা। শানথুপ্পা—লোৎপা, মীখংহন্দবা। তারা চা-হেন তমলবদি—চাক চাদ্রবদি। ফাঙৈনে—ফাবা ঙমগনিএ। তরা চবুমম্মু হুপতনা—চাক মরু অমা ফাওবা চাদনা। ঙাতোংমবু শেন্তা—ঙা মতোং খজিক ফাওবা চাদনা। ৱানজেং সৌরাই তাদনা—ঙা পন্নবা শৌ, শৌ অফবনা ঙা তাহন্দবগুম্মা। তুবী—লাইরেল, নিংথৌ। ফাঙামলোইএ —

অৱাং লাইনা পাংবরমদা মশাবীগী মার মখোংগুনবু লিখৎলকএ। অসুম লিখৎলকপদা খ্বাং য়োং হন্নু, হন্নু ময়াই কারবী অমনা পামেন উয়া হেপনা। লাইসনা ঙাতাখোং নোংদা লাইরেল পাখংববু খোনখৎ লোং ; লাইসনা চেপকোৎ লোংবু খুত্তা পায়। তোংখোন ৱাইরৌ থাংনা লোংফানঙাশ্বীদা পাওহংখিএ। খ্বাং য়োং হন্নু, হন্নু ময়াই কারবীও। ইশাবী লাইরেল ঙাঙোই য়োইমোংববু চেংলৌ শকউবরা ? হায়না পাওহংববু। খ্বাং য়োং হন্নুনা পাওখুম্বীদা ৱাগী। য়োইহৈতোন তাওথিংমাংনা চৈবৌ মখুৎশুনা য়োংমু খাংদপ য়ৈনা ৱাওইরমএ। অৱাং লাইনা পাংনা মোংবা খুৎলম ইনখৎলকএ।

অসাইহৈঙী ৱাকয়ৈ শমথৎখবা, তোংজেং ককথোকপা অঢুসুং লৈরাই মুংবীথাদা ৱাকয়ৈ হিথাংঙাম্ববু মিংয়েং শাংখৈরবদা। ৱাকয়ৈ মথম্না, তোংজেং মতোমনা শমজিনঙামএ। ৱাকয়ৈ মখুংনেৎপু হিথাংঙাম্নবগা য়োইহৈতোন তাওথিংমাংদি পামেন উয়া চংনা মশাবাবু

---

ফাবা ঙমলোই। নচী···নয়াম্বা। থিখংলুও···থিরুখো। অসাই-হৈঙী—মমাংগী। চাপুম—চাক অপুম্বা। অৱাং লাইনা পাংবরমদা —অৱাং মাইকৈরোমদা। থিখৎলকপদা—থিরকপদা। পামেন উয়া হেপনা—উ মনাক্তা লাকপা। তোংখোন ৱাইরৌ থাংনা—খ্বাংদা তুঙ্গান পুন্দুনা। লোংফানঙাম্বীদা—লোং খোল্লম্বীদা। পাওহংখিএ —ৱা হংখিএ। পাওখুম্বীদবগী —খুম্বীদবগী, খুমদবগী। চৈবৌ মখুৎশুনা—মখুত্তা পাইৱা অচৌবা চৈনা। খাংদপ য়ৈনা - মখ্বাংদা য়ৈহুনা। অঢুসুং—অঢুসু। লৈরাই মুংবী থাদা—লৈরাই মথাদা। শাংখৈরবদা—উরবদা। শমজিনঙামএ—শমজিন্নরে। পামেন উয়া

কৌনা কৌনা থিঙাম্ববু মশাবী ঙাঙোই য়োইমোংবনা পাওখুম্বীদে। পামেন উথোং খাদা, লাই ৱাবা সিউদববু উরবগী পামেন উতোন থক্লমদা য়েংঙাম্ববু মশাবীবু চেংলৌ মিংয়েং শাংথৈক্লুরে।

লাইরেল ইশাবী নংদি কদোৌবা পাওখুম্বীদনো হায়না হায়হিকপদা মশাবীনা পাওখুমঙামএ। শানৌ নংনা নশাবী ঐগী মার খোংগুন লিরকপদি খোইয়ম লাই, নমু পোং করম্ববু উঙামলকপনো হায়না পাওহংববু হোইদা লাইরেল ইশাবীও। ঐদ খোইয়ম লাই করম্বস্নং, নমু পোং অমহিকশু ওকনঙামলক্কে। খ্বাং য়োং হন্নু, হন্নু ময়াই কারবী অমতুম ওকনঙামএ। ইশাবী লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংববু। চেংলৌ মিংথিংপরা হায়না ৱাহম্ববু। খ্বাং য়োং হন্নুনা পাওখুম্বীদৱাগী নশানৌ ঐনা খমলৌ ইচৈঙাক চৈবৌ ইখুংশুনা য়োংমু খাংতপ য়ৈনা চৈবীরমএ। হায়না পাওখুম্ববু। নশাবী ঙাংঙোই য়োইমোংবনা শানৌও নংদি কদোৌঙাম্বগী চৈবৌ নখুৎস্নু; খয়ৌ নচৈঙাক্লা চৈবীবনো? খ্বাং য়োং হন্নু, হন্নু ময়াই কারবী অতুপু খ্বাং য়োংলেন হনবী মানে। হয়েং মপাম নোংবান য়ৌয়েংবম পুম্না।

---

চংনা—উ মরক্তা চংতুনা। শাংথৈক্লুরে—উক্লুরে। কদোৌবা—কার তৌহুনা, কৱিগী। হায়হিকপদা—হায়রকপদা। পাওখুমঙামএ—খুম্লকএ। নশাবী—নয়াম্বা। উঙামলকপনো—উরকপনো। নমু পোং অমহিকস্নু—মী অমত্তস্নু। ওকনঙামলক্কে—ওক্লরক্কে। চেংলৌ মিংথিংপরা—মশক উবরা। ৱাহম্ববু—ৱা হংববু। পাওখুম্বীদৱাগী—খুমদবগী। খমলৌ ইচৈঙাক—নৌ, চৈঙাক: নৌ ওইনবা চৈ। খাংতপ য়ৈনা চৈবীরমএ....মখ্বাংদা চৈনা ফুরমএ। অতুপু...অহুবু।

হৌ। নোংচুপ নোংপোক য়োং, খা ৱাংগী য়োং পুন্নমক্না। তাঙবা কাংদেনস্থ মেনফৈ নারং, তলা উফৈ চোংনা হুয়েল লালহৌরকঙৈনে হায়না পাওমেল্লবদা। লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা। মরৌ লৌনা হৈনা উনীং তাংমা কক। লাইৱা মচিন মেন। লাংবন কৌজেং চোংবীচা; কৌজেং ফান্না তান। উনীং তাঙ্গহান। পিশিন খোমহুপ লৈরবগা। অসাইঙৈগী মপাম নোংবান য়ৌয়েংৰম পুম্না হৌ। নোংচুপ নোংপোক য়োং, খা ৱাংগী য়োং পুন্নমনা কাংদেন ফৈনা লং। পামেন উফৈ লান্না, চোংনা হুয়েল লাল্ তারক্লবদা। লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা। উনীং তাংমগী ৱারীবা, লাংবন কৌজেং চোংবীচাশিংবু পিশিন খোমহুপ হাংনা থাদোক্লে খ্বাং পুস্বা পাংনা চোংশিনখিঙামএ। খ্বা য়োং পাখং পুন্নমদি খ্বা মতোম মতোম য়ৈনরে। য়োংমু মথন মথন হাংনরে। খ্বা মশেন য়ৈননা, য়োংমু মশেন হাংনরিঙৈদা মোংবা মচিন মনাওদি অসাইঙৈগী মশানৌনা

---

খমলৌ—নৌ, চৈঙাক (হি হোন্নবা)। য়োংলেন হনবী য়োং পুন্নমক্তগী অহেনবী, অথোইবী। মেনফৈ নারং— …। তলা উফৈ চোংনা—উ অমদগী উ অমদা চোংহুনা। হৌরকঙৈনে—হৌরক্কনিএ। মরৌ লৌনা হৈনা—মরৌ তৌহুনা। উনীং তাংমা কক—ৱা মতাং অমা কক্কুনা। কৌজেং চোংবীচা—ফন ফন চোংবা কৌজেং। ফান্না তান—পাইহুনা তানবা। উনীং তাঙ্গ হান—ৱা তাংমাদা হানবা। পিশিন খোমহুপ লৈরবগা—মখুম লৈশিল্লগা। অসাইঙৈগী—মমাংগী। পিশিন খোমহুপ হাংনা—মখুম হাংদোক্কুনা। উনীং তাংমগী ৱারীবা—ৱা মতাং অমদা হান্দুনা থম্লিবা। চোংশিনখিঙামএ

হোন্নকপা তারা চাপ্নম অতুপু ৱাকয়ৈ হিকুনুংদা হাপ্না ৱাংখৈ ওকথি-য়াম, থাঙ্গা মরৈকাইবু ইন্দাল্লকএ।

ৱাংখৈ ওকথিয়ামগী মশুমাংদা ৱাইথুংলবগা লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা ৱাহন্নকএ। ৱাংখৈ ওকথিয়াম থাঙ্গা মরৈকাইশিংও লাইরেল ইচিন ইনাওদি তরা চাপ্নম্বা, ৱাকযৈ হিপুক থনবা অসিবু লৈরোরো হায়থববু। ৱাংখৈ ওকথিয়াম থাঙ্গা মরৈকাইশিংনা নংগী তারা চাপুম অতুদি কদৌনক্লো হায়না পাওখুম্নবদা। তৌইগীদি তেকপী নওকচা, তাওবা নচ্ছইচাতুম। তেকপী পোন্দাইলাক, তাওবা কংগা থুনা থৌখামও হায়থববু। ৱাংখৈ ওকথিয়াম, থাঙ্গা মরৈকাই-শিংনা তেকপী পোন্দাইলাক তাওবা কংগা থুরববু। লাইরেল ঙাং-ঙোই য়োইমোংবনা ইন্নুং সোইয়াইমদা। তেকপী ওকপোং হা। তাওবা কংগা থোকঙাল্লে। লাইরেল মচিন মনাওগী ৱাকয়ৈ হিতুপ থনবা তরা চাপুম অতুবু ঙম্না চাখি ঙাম্নবগী। ইন্নুং কৌবা শোইরবদা।

---

—চোংশিনখরে। হিকুনুংদা — হি মনুংদা। ইন্দাল্লকএ—য়ৌনবা লাকএ। ৱাইথুংলবগা — য়ৌরবগা, থুংলবগা। ৱাহন্নকএ — ৱা হায়রকএ। চাপুম—চাক অপুম্বা, পুম্নবা। লৈরোরো - লৈহৌ-রো। হায়থববু—হায়ববু। কদৌনকনো—করি তৌগবনো; কার তৌনগনি। তৌইগীদি—তৌইগুম্বসুং। তেকপী পোন্দাইলাক — ওক্কোন্দা ওক থম্বা, ওক্কোন থোং খিংবা। তাওবা কংগা থুনা থৌখামও… তুই তুইগং থাংতুনা থমও, খামও। ইন্নুং সোইয়াইমদা ….অহিং অথেংবদা। ঙম্না চাখিঙাম্নবগী …লোইনা চাগ্রবগী। ৱাহন-লকএ….ৱা হায়রকএ। ইন্নুং কৌবা শোইরবদা… নোং ঙাল্লক্রবদা।

লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা ৱাহয়্বএ। ৱাংখৈ ওকথিয়াম, থাঙ্গা মরৈকাইশিংও। নখোয়না লাইরেল ইচিন ইনাওগী তারা চাপুম ৱাকয়ৈ হিতুপ থনববু হুঙাম খিরবনিকীনা ৱাশ ললহারাও হায়খিএ।

ৱাংখৈ ওকথিয়াম, থাঙ্গা মরৈকাইশিংনা। কদেং য়োংতেক য়াও, চকমোম খাম্বী মৈতাল য়াওনা ৱাশ লল হারবদা। মোংবা মচিন মনাওদি চেংলৈ ৱাঙ্গোললেন ৱাঙ্গোল তম্পাক লয়নামুংদা। মেনোং থাং শাগে হায়না তেকথংলকপদা। খ্বা য়োং পাখং পুম্নমনা চাকমোম খাম্বী মৈবা চিংনসে তেমশিংঙামএ। লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা খ্বা পুম্নমগা মৈশুংখাগা থা মৈবা য়াইগা চন; মৈয়েং থক্বা থোন, খুংপী তৌরাই চিংনা চাকমোম খাম্বী মৈরৌহনগে তৌগুম্লবগী লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা খ্বা য়োং পাখংবু শমু খুংনা

---

হুঙামখিরবনিকীনা—হুপ্পবাননা। ৱাশ লল হারাও—ৱাকোংলো লাও। মাংখিবা—হুখিবা পোৎকী মমল শিংলো লাও। কদেং—কজেং। য়োংতেক য়াওনা—য়োং মতেক য়াওনা। চেংলৈ ৱাঙ্গোললেন ৱাঙ্গোল তম্পাক লৌনামুংদা—চেংলৈ (খাবা) গী অফবা মী উরোইদবা মফমদা। মেনোংথাং শাগে—থাং শাগে। তেখংলকপদা—লাকপদা। চাকমোম—মৈ। তেমশিংঙামএ—তেমশিংলকএ, খল্লমই। মৈশুং—মৈবা চিংবদা মৈ ৱাইনবা পয়া ইৎপগী মফোল। মৈয়েঙ—মৈবা চিংনবা কনম পয়া। খুংপী তৌরাই চিংনা—মৈবা চিংবা; কনম পয়াবু খুংপী খুদোঙ্গীনা কম্না পাইশিন্দুনা মৈ হৌনবা চিংবা। তৌগুম্লবগী—তৌরক্লবগী। তিল্লাং হায়শিংনবগী—তিল

ইন্না, তিল্লাং হায়শিংনবগী লাইরেল মচিন মনাওনা লোইদাম কুমওন খুদিং য়োংমু মপুম অমমম ৱাশ লল হারাও হায়না খ্বা মখুৎ পুন য়োংমু মরম তমনা য়াল্লনএ। অদু নোংগীবু খ্বা য়োংয়ানফমও তৌনা কৌএ।

লাইরেল মচিন মনাওদি চেংলৈ ৱাঙ্গোললেন ৱাঙ্গোল তম্পাক লয়নামুংদা মেনোং থাংশারে, ঙান্নু পুঙখোংরববু। খোইয়ম শিদবা পাফল অরিবা, য়াংবী য়েক্কেবা তুবী চীনাইবা; লাইরেল য়ানাই-বানা চিংঙু ঐগী ৱাঙ্গোললেন। মালেম তম্পাক লয়নামুং অসিদা মেনোং থাঙশারবা নংবু কনানো? খোইমোম পাফল অরিবা, চিংঙু নামুংবগী ময়াথংনে। মেনোং থাঙ শাহৈদে ঙান্নু পুঙখোংহৈদে হায়না পাওমেল্লববু। লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা ঙখা লয়মু-বিবু মচেকপনা চপফুরেএ। মনুংথংনা য়েনা চকমোম খংশ্বী মৈতাল-নুংদা হুঙ্গিল্লবগী, থিংলৌনিংনা তেনা হলরাইরক্করবদা লেনলৈ মশিং তরা মাথোইবু থৌশিরকপসুং মচেকপনা চপ্পা। চকমোম খাপ্নী মৈতালনুংদা হুঙ্গিল্লবকী। খোইমোম পাফল অরিবনা তিল্লাং মখোই শাঙনা ৱাওইখিএ। চিংঙু ঐগী চেংলৈ ৱাঙ্গোললেন অসিদ৷ কদৌবা

---

শিৎপগী। য়োংমু মপুম অমমম—য়োং অমমম। য়োংমু মরম তন্না পাং তিংতুনা। ঙান্নু পুংখোংরবরু—.........। লাইরেল য়েক্কেবা —লাইগী ময়েক থোকপা। তুবী চীনাইবা—লাইরেল মচী পানবা। লয়নামুং—লাইগী লৈফম অকুবা মফম। পাওমেল্লববু ৱা হায়র-ববু। থিংলৌ নিংনা তেনা হলরাইরক্কবগী—থুনা অমুক হল্লক্কবগী। থৌশিরকএ—থৌদা থারকএ, পাখোন নেক্লকএ। তিল্লাং মখোই

মেনোং থাঙ শারবনো হায়না পাওহংববু খোইমোম মনাতোন্দহুম মচেকপনা চপকে মন্নংথংনা য়ৈগে তৌগুম্লবগী। খোইমোম পাফল অরিবনা পাওমেল্লকএ। ঙাঙোই য়োইমোংবও মালেম তাইবংপান পুম্নমবু লোক্লৌ শানাকোন, শমু নমদা পোনা নাওয়োকপীরিবদি ঐনে। খোইমোম ঐগী ইরনকুহুম লনকুবিরবদি ককয়েল মীওম্বহুম ফাঙৈনে। হায়থরবদা লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা মশানৌদা। শানৌ য়োইহৈতোন তাওথিংমাংও। শানৌ ইপিংঙাগী পম্মৌ পোকমাবদি। খোইমোম অসিহুম ওইঙাম্লে। চিংঙু সনা মথোং-খাদহুম পুরুম খাজংসে হায়না, খুৎফাং চাংচৌ চেপ্পা লোম্না মালেম লয়দা, কাওয়ি চীগা লুক। লাংলেন কোংয়াং তাগুম পুরুমজরবদা। খোইমোম পাফল অরিবনা পাওমেলঙামলকএ। অসাইৈঙগী ব্রাকয়ৈ ককথোকখিবা, তোংজেং শমথোকখিরবা। খোইমোম লাইরেম্মা সিদ-বীগী থাঙলেন মখুৎশু য়াইওইবা, লাইজ ঈরোম্নুংদা তুম্লৌবা তুবু।

---

শাওনা—য়াম্না শাওনা। ব্রাওইখিএ—য়াম্না শাওখিএ। পাওহংববু ব্রা হংববু। য়ানাইবা—ময়া হৌবা, পানবা। মচেকপনা চপফুরৌএ—মাগী চেকপ্পা চপএ। তৌগুম্লবগী—তৌরক্লবগী। পাওমেল্লকএ—ব্রা হায়রকএ। লোক্লৌ শানা কোনবা—নিংখিজনা ঙাকপী শেন-বীবা। লনকুবিরবদি—পিবিরবদি, চানবীরবদি। ফাঙৈনে—ফাবা ঙমনি। হায়থরবদা—হায়রবদা। ইপিংঙাগী—ঐখোই অনিগী। পোকমাবদি—অপোকপদি। ওইঙামলে—ওইরে। পুরুম খাজংসে—খুরুম্না হায়জসে। খুৎকাং চাংচৌ চেপ্পা লোম্না—খুংশা তারা লোম্না। কাওয়ি—কাওবী। কাওয়ি চীগা লুক—কোক নোম্বহুনা। লাংলেন

খোইয়ম এৗনা খুলঙাম্লকএ। থাঙলেন য়াইওইবা, তেনবী য়াইওই-বগা অনিমবু অময়ক লনকুণ্ডামহৌগে হায়না লাইরেল মচিন মনাওদা লনকুপিঙাম্লে।

থাঙলেন য়াইওইববু মশাবী লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা তাংজা লুদা থেৎনা, তেনবী য়াইওইববু মশানৌ কোন্দে য়োইহৈতোন্না তেন্দোং নমদা পোনা হাওরৈ খানা পাংবারমদা। [১]মোংবা খুৎলম ইন্না ছুয়েন লান্দারকএ। হাওয়ূম য়ুম্নাক চামা তাবদা ৰাইখুংলবদা। লাইরেল মচিন মনাওদি, [২]মোংবা চৎলম ফানশাং ইন্না ছুয়েল লানথেম্লববু। লোইবী চিং ককয়েল মীঙম্বনা নমু পোংদা তাবা নোংগীনিনা। মালেম লয়বু খোল, কোরৌ নোংবু খোল্লক্লে। লাই-রেল ঙাংঙোই য়োইমোংববু। লোইবী চিং ককয়েল, ককয়েল মীঙম্বা,

---

কোয়াং তাগুম—ৰাগী চৈশুনা তাবগুম। লাইজ ঈরোন্নুংদা তুম্লোবা—ঈশিং মনুংদা তাহৌবা। খুনঙামলকএ—খুল্লকএ। অময়ক—অমুক হন্না। লনকুণ্ডামহৌগে — পিবিগে। মশাবী — ময়াম্বা। তাংজা লুদা থেৎনা—কোক্তা থেত্তুনা। কোন্দে য়োইহৈতোন—কোন্না পোকপা মনাও। হাওরৈ খানা পাংবারমদা—মখা মাইকৈ-রোমদা। মোংবা খুৎলম ইন্না—তুরেলগী তুখুন ইন্না। ৰাইখুংলববা—য়ৌরবদা। মোংবা চৎলম ফানশাং ইন্না—মমাংগী চৎনরকপা মতুংইন্না (খংগদবা—মোংবা, ৰাহৈ অসি অর্থ অনি থোক্না চৎলি।)
[১]মোংবা—তুরেল। [২]মোংবা—য়ুম।

পোংজেনবা—মী চেনবা ঙম্বা, মী ফাদুনা পুবা ঙম্বা। থুম-নাওগুম চংনা ৰাই—য়েন, উচেক মচাগুম চংনা লাকপা। য়েন্নাওগুম

নমু পোংজেনবনা, থুমনাওগুম চংনা ৱাই, য়েন্নাওগুম হিংফোইনরে। মশানৌ তাওথিংমাং তাংজা লমফম্বা, খোইমা লাংলেপ্পনা। লাইরেল ইশাবী নংবু পোনবী চিলগোই চনগুমলে। অসাইবৈগী থাঙলেন য়াইওইবা, তাংজা লুরেন থেংঙামখিবা তুবু থৌগাওফরোই। হায়না পাওমেন খংখিএ। লাইরেল মশাবীনা পাওখুম্লকএ। শানৌও নশাবী ঐদি পোনবী মথিকনুংদা শানথুপ্লিএ। শানৌ কোম্দ য়োইহৈতোনও তেনবী য়াইওইবা নখুং পাইনা চেক্লা শাগল তম্না তেনৱাইরকও। হায়থ ৱাগী। য়োইহৈতোন তাওথিংমাংনা লৈমরেল সিদবীগী ৱাইরা মতেনজ্া; পাফন অরিবা মরনকু তেনবী য়াইওইববু। লীরি থমোইতিং লাকা তেনমৈ লাক্লা তেনৱাইখংলবদা। পোনবী শাগল তেক্লা তেনবাল্লে। ককয়েল মমাই মুনা তারকএ। অহুনোংগী মাইমুও তৌনা কৌএ। মশানৌনা চিলনা চিলনা তান্নখএ চিলসিও থোনএ। ককয়েল মশা পাংমনা লাইজ ঈবু থিংলে, ঈথিংও তৌনা কৌএ। ঈথিং মহি থেন্দা লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা লৈমরেল সিদবীগী থাঙলেল মখুং-শু য়াইওইবা,

---

হিংফোইনরে—য়েন মচাগুম হিংনা ফারে। তাংজা লফম্বা—লিলগুম্না লম্বীদা তুমীন্না ফমহনা লৈবা, লুমহনা লৈবা। খোইমা লাংলেপ্পা—মমাই ওন্দনা (মথৌনা লৈবা)। অসাইবৈগী—মমাংগী। তাংজা লুরেন থেংঙামখিবা—কোক্লা থেংখিবা। থৌগাওফরোই—কাওথোক্কনু। পোনবী মথিক মুংদা শানথুপলিএ—উচেক মপুক মনুংদা লোংলিএ। তেনৱাইরকও—তেন কাপ্লকও। তেনৱাইখংলবদা—তেন কাপখংলক্লবদা। অহুনোংগী মাইমুও তৌনা কৌএ—মুমিং

খোইয়ম পাফল অরিবা মরনকু ওইবা থাঙনা, ককয়েন মথিক খাইনা চোংথোক্লকএ। অশিবা চামাস্নুং হিংখৎলকএ। অদু নোংগী লম্লেন হাওয়ামহিংও তৌনা কৌএ। ককয়েন মকোক কক্লে কক্লৌও থোনএ। লাইরেল ভাংভোই য়োইমোংবনা। ইশানৌ য়োইহৈতোন তাওথিং-মাংও। লোইবী চিং ককয়েন, ককয়েন মীঙম্বা অসিবু। নংনা ফাইস্নুং হায়গন্নু। ঐনা ফাইস্নুং হায়রোইএ। লাবা য়িপিংভাদি শাগল তুফাং লিংদবী। পোংসিন তুহাও হৌদরিএ। হাওয়ুম য়ুম-নাক চামা তাববু লোইবু লোইচন্নসে। ব্বাইরা শেংচানসে। হুয়েল খাইজানসে। হয়েং খুমু নৌশৌনসে। হায়না লাইরেল মচিল মনাওনা, লোইবী চিং ককয়েন, ককয়েন মীঙম্ববু কায়না হুল্লক্রবদা হাওয়ুম য়ুমনাক চামা তাববু লোইবু লোইচন্নরক্লে।

অতোম অমেৎলোই। য়াওল থৌদম্লোই। হুইচুপ খোংগা-লোই। পোলিং খোংথিংলোই। লয়তৌ য়োং নাফালথাঙ। লিকল খাং, নাখন খন, তুলাঈ কুপ তুলাইখুম শমজেং শময়া লোই।

---

অদুদগী মাইমু হায়না কৌখি। লাইজ ঈবু থিংলে—ঈশিংবু থিংলে। ঈথিং মহিথেন্দা—ঈশিং হিদেন্দা। মথিক খাইনা—মথবাক খাইদুনা। হিংখৎলকএ—হিংগৎলকএ। লাবা—নিপা ওইবা। য়িপিংভাদি—ঐখোয় অনিদি। শাগল তুফাং লিংদবী—পাম্বোম কন্দবী; মী য়ামদবী। পোংসিন তুহাও হৌদবী—খাগী শম হৌদবী, য়ুম পান্দবী। খুমু নৌশৌনসে—নৌ পাইনহনসি, ইতেং পাংহনসি। নাফাল থাঙ—লম্বী চৎপদা নাপী-শিংবী উ-ব্বা য়ানথৎ-নবা থাঙ।

ফিবুল লাংবুল লোই। খোংয়োম তায়োম লোই। ফুঙ্গাপান মৈশারাংবু লোইচন্নরকএ। লাইরেল মচিন মনাওনা হাওযুম মরৈ মপী হাওশি পম্বোঙ খৈবী নংবু। কংলৈ পুঙময়োন্দা পানমন্নরুসে হায়না পাওমেনববু। হাওযুম মরৈ মপীনা। ঐদি লাইজ ঈমৈ হুইথবা অসিদতুম খৈনা লৈরগে। ইমোম লাইতোংখু লাইতোংহন অনিমবু লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবা নংনা লুমনরুও। হাওনুখু হাওনু-হন অনিমবুনা উনৌ কোন্দে য়োইহৈতোন তাওথিংমাংনা লুমন শুনো হায়থরবগা লাইজ ঈমৈ খৈবীদি, হাওসি পম্বোঙ ঙাক্লা লৈরৌরে। লাইতোংখু লাইতোংহন অনিমবু ঙাংঙোই য়োই-মোংবনা লুমন্না। হাওনুখু হাওনুহন অনিমবুনা য়োইহৈতোন্না লুম-ঙাম্নবা হাওযুম য়ুন্নাক চামা তাবদগী অরাং লাইনা পাংনা তেথং-লকএ। কংলৈ পুঙময়োন খোইয়ম লাইফম লেন লুংঙাইবদা রাইথুংঙাম্লে।

---

ফিবুল লাংবুল লোই—ফি ময়োম পুন্নবা মী। খোংয়োম তায়োম লোই—নিংথৌনা চংথোকপদা থাঙ তা থোগল তৌনবা মী। ফুঙ্গা-পাল মৈশারাংবু—মৈ শিং শেন্নবা মী। লোইচন্নরকএ—ফারকএ, খোম্লকএ। লাইজ ঈনৈ হুইথবা—ঈশিং মমৈ ওইবা। খৈনা লৈরগে—লেংদনা লৈরগে। উনৌ কোন্দে—কোন্না পোকপা। লৈরৌরে—লৈহৌরে। লুম্নরুও—পান্নরুও। খোইয়ম লাইফমলেন—পুন্নমক্তগী অহেনবা মফম, লাইশিংগী লৈফম অথোইবা মফম। রাইথুংঙামলে—থুংলে, য়ৌরে। য়াকারবদা - লৈরবদা, ময়াম তিল্ল-বদা। পোনবী চিলগোই চল্লুবা নোংগীবু—উচেক্লা উমলুবা, য়োংলুবা

কোরৌ নোংদম্না, খোইমোম লাইফমলেন্দা য়াকারবদা। লাই-রেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা মশানৌ য়োইহৈতোন তাওথিংমাংদা ৱাহয়কএ। ইশানৌ উনৌ কোন্দে য়োইহৈতোন তাওথিংমাংও। নশাবী ঐবু লোইবী চিং ককয়েন, ককয়েন মীঙম্বনা। পোনবী চিলগোই চল্লুবা নোংগীবু চুপশা মোইন তমসে হায়না। মমাইবা থিঙ্গোল মরিং মাই সম্বোং ৱাকু মাইনা। হুইমু মন্নুং লৌ; মেনাং মনাক মেৎ। য়েনমু মন্নুং লৌ, সত্থ মান্দে লৈনা ফোইনা শারাও য়ুরৌগা, শিংপাক মাইতৈগা কাইরৈ য়েনবু য়েল্লুম্না এলবং ফাইবংবা পুংফাই তোনয়াম্বা লৌহিং নাহাকপা। সোংলেন চিংমাথি, সিদ নাদবা, নাতাং নাখাইবা, থিংনাতাং থিংনাকিনা চিলফু মাইদগা। থিকশেং থাশেংগা। লাইরেল মচুপ শাবু ভঙ্গীরবদা লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবদি। নুমিৎ মশোং চাও, থাবা মঙান নাইনা মৈবী সালম ওই, উরেপ চারা ওইনা, কংলৈ পুঙময়োন্দা য়াকারে

---

অতুগী। হুইমু মন্নুং লৌ—হুই অমুবগী মন্নুংশা লৌবা। সত্থ মান্দে লৈনা ফোই—মতু মমান ফোইবা। সত্থ—নাপী। শারাও শারৌ য়ুরৌগা—শা লৌত্থনা। এলবং ফাইবংবা—নাপী মখল অমা। পুংফাই তোনয়াম্বা—পুংফাই মতোল লোংবা। চিলফু মাইদা—চিন তেংনবা। মৈবী সালম ওইনা—মৈগী মতৌগুম্না খ্বাইদগী হেন্না। চুপশা মোইন—মীশি ৱাইয়োং চাদবশিংগী তৌফম থোকপা মথৌ অমা, মীশিং ৱাইয়োং য়াদবা—শাদা শিবা, লান্দা শিবা, উদগী তাত্থনা শিবা, ঈশিংদা তাত্থনা শিবা, থৌরি য়ান্দুনা শিবনচিংবগী তৌগদবা থৌরম অমা। কাইরৈ য়েনবু য়েল্লুম্না—

হায়দবরা? খোইমোম উদবা মতেহৈ, চিংঙু খংদবা মশাল ওন্দি অদুস্তুং মদোমদে।

খোইমোম লাইফংথৌ ৮৪ মা, চিংঙু লেংনা তিনবা নখোইবু নহাননোং কোরৌ নোংমখা, মালেম তম্পাক লৈময়োন্দা ইমোম নোংবান লোন নোংমোইনু অহোংবীবু কাওজনখিবগী। মপারী লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবগা মশানৌ কোন্দে য়োইহৈতোন তাও-থিংমাংগা অনিমবু শাৎলে। মমোম লৈমা লাইরোক লেম্বীস্তুং ফুইনরে। মমোম খোমমদোন, ৱাংগোল লাই-রুরা অতেংবীবু লৈবরা পাওহংঙামলুও। মমোম খোমমদোনবু লৈয়ি গীদি। হৈনা মউ কন পামেন উরাই হক্লা য়ুমজিন কাকফৈথা; শুমাই উরোং খিল্লুও হায়না থৌশিরক্লবদা কোরৌ লাইফংথৌশিংনা। লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবদা ৱাহয়কএ, পাওমেনল্লকএ। চিংঙু নোংথৌ সোরারেন, কোরৌ নোংনিংথৌনা হায়রকএ। নমোম চৈরৈ খোমমদোন, ৱাঙ্গোল লাই-রুরা অতেংবীবু লৈবরা? কোরৌ শেলজংনা, ৱাংবন পাইজংনসে

---

চুপ শাবগী মতমদা য়েন অমবু মখোংদা লংনা মংদারুক থমলিবা শগাইগী মখোংদা পুন্দুনা থম্বা। মনুংগী পুরিবা ভাব অর্থনা (অঙৌবা য়েন অসিনা মরম ওইদুনা নুমিংপু থেমদোকলগা ভাইবংদা নুমিংক্কী মঙাল ফংবদা নুংঙাইবা অদুগী মতৌগুন্না মীশি ৱাইয়োং চাদবশিং অদুগা থৱাইনা অমম্বদা তারিবা অদুদগী কোকনবগী ভাবনি।) উরেপ চারা ওইনা—হান্নগী মহুৎ ওইনা, মপাগী মহুৎ ওইনা। চারা—মচা। মশাল ওন্দি—মপোক অমুক ওনবদি। মদোমদে—অসিনস্তু লোইদে। নহান-নোং—থাইনগী। কাওজনখিবা—

হায়ঙামলকএ। অসুম পাওমেনববু। লাইরেল ঙাঙোই য়াইমোংবনা। চিংঙু লাইফংথৌশিংও, ইমোম চৈরৈ খোমমদোন ৱাংগোল লাইক্লরা শাফবীবু লৈএ। চিংঙু মখুৎপাক্তা কাওজনগে। নহান পলেম ইমা, নোংবানলোন অহেংবীগী মনকৎঙৈগী কাওশিং মশিং ( মনশিং ) মবু ৱাংপিরক্লুনো কোরৌ নুমিৎ মঙানি শুরবগা ইমোম মেনু শাফবীবু মরান লুহোং খোংদোংবীগে হায়না নুমিৎ শিংথারবদা চিংঙু লাইফংথৌশিংসু থিংলৌ নিংনা তেনা, খোইমোম সনা মখোং থাদা পাওমেললুইএ হায়দববা ?

চিংঙু থংবা নোংনিংথৌও। লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা পাওমেনঙামলকএ। মমোম চৈরৈ খোমমদোন মেনু শাফবীবু। চিংঙু নঙোন্দা কাওজনগে। তৌইগুম নহাননোং পলেম মমা নোংবানলোন

---

থাজখিবা। শাৎলে—পোক্লে। ফুইনরে—পোক্লে (ফুপী পোক্লগা ফুইবা হায়নৈ)। খোমমদোন—খ্বাইগী ইতোন তোল্লবী, ময়াম পোকপগী খ্বাইদগী নহা। অতেংবী—ফজবী, অহেনবা। লৈয়িগীদি —লৈরবদি। মৈবী সালেম ওই—মৈ মঙাল য়াম্না চাওবা ওইনা। হৈনামাউকন—হাম্না হায়তুনা থম্বা। শুমাই উরোং খিল্লুও—হায়জরমও, কল্লমও। শুমাই উরোং খিনবা—থাজবা, হৈজপোৎ পুবা। চৈরৈ খোমমদোন—মচানুপী অতোম্বী। লাইক্লরা—লাইনুরা লাইগী মচা। কাওজনগে—থাজগে। মনকৎঙৈগী—কাওশিং মশিংমবু ৱাংপিরক্লুনো—মমলগী পোৎ মশিং অমতা ৱাংহল্লকনু। থিংলৌ নিংনা তেনা—থুনা য়াংনা। থংবা নোংনিংথৌ—সোরারেন। হায়দবরা —অসুম হায়নৈ। কাওজনগে—থাজগে। কাওশিং মশিং—

নোমোইন্নু অহোংবীবু কাওজনঙৈগী। কাওশিং মশিংমবু ৱাত্তনা কুবীরকও। কোরৌ মুমিৎ মঙানিদা চিংঙু নংবু খোংহৌরকও। মরান লুহোং খোংদোংবীগে হায়না অসুম পাওমেল্লুরবদা। চিংঙু নোং পাখংনা উনবী মরাং কাইনা হরাওঙামএ হায়দবরা?

কোরৌ মুমিৎ মঙানি শুরবগা নমোম মেন্নু লৈতবগী লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা। নমোম মেন্নু শাগে হায়বগী লৈরেন লৈজাওবু, লাংমৈ পুঙমাই চিল। শম্মৈ শমদোন য়োম। শমজি হুক্তং থাংনা থবাক ঙৈথোমনা। কোলোই মঙান নাইনা। খোই-মোম লাইফমলেন্দা ঙাইখমলে। চিংঙু নোংথৌ সোরারেন অৱাং পাখং য়োইরেনবসুং। কোরৌ নোংলাং পান্দগী শঙদিং লোনঙৌ চিন, লোম্থাং মঙান নাই। সনা কোংখাং য়াইদা লাং। কাওশিং

---

মনকৎকী পোৎ মশিং। খোংহৌরকও—খোং শাল্লকও; লাকও। নোং পাখং—সোরারেন। উনবী মরাং কাইনা—পুক্নিং পেন্না। হরাওঙামএ — হরাওজরমই। লৈরেন লৈজাও—শমজিন অহুম ফাংবা। লাংমৈ পুংমাই চিন—কোক্তা লাংমৈ মতু চিনবা। শমজি হুক্তং থাংনা—শম পুনবদা শমজি হুক (শক্ফা) য়াওনা শেম্বা। ঙাইখমলে—ঙাইরে। অৱাং পাখং য়োইরেনবা—সোরারেন। শঙদিঙ লোনঙৌ চিন—শমজিন অঙৌবা চিন্দুনা। শঙদিঙ—ফি। লোনথাং মঙান নাইনা—থাঙ হায়তুনা। সনা কোনথাং য়াইদা লাং—সনা কোনথাংনা ময়াইদা। মঙাইরোইবু ঙারোইন্না—মনাই মশল মাগা লোইনবা, মরুপ লোইনতুনা। হৈথোনফম—হৈ-ৱা থমফম। য়োই-থোল্লমগা—হাপ্লমগা। খোংলেন পানবৈ লানবদা—থোং লানবদা।

মনশিং মশিং সুনা। চিংঙু লাইফংথৌ, খোইমোম মঙাইরোইবু ঙাইরোইননা কুম্লক্লে। মমা য়াংনু কজেং ফাবীচা; তাওজিং হৈয়োন-ফমদা। হৈরাং য়োইথোল্লম্নবগা। চিংঙু নোংথৌ সোরারেন্দি। ঙাংঙোই য়োইমোংবগী শরেন য়েৎলম লেপ। মেনু শাফবীগা। খোইমোম লাইকোননুংদগী মরান লুহোং খোংদোংবীরবদা তাংজ ইকাই নংগনে হায়বগী মচল মেনু থোংবু থোংলেন পানবৈ লানবদা শমু খুৎয়োল থানা। লাইজ ঈরোল নুংদা লুপখিরে। চিংঙু নোংথৌ সেরোরেন্না থোংলেন ময়াই লেপ্পা মিৎয়েং শানখৈরিঙৈ। লাইরেন্না ঙাংঙোই য়োইমোংবদি। খোংলেন লয় য়াৎপা মালেম লয়নিনবানিকিনিনা খোংলেন মরিন ইন্না তাওথরকএ। লাংমৈ পুংলেন মরু থেক্তি, লাইজ ঈরোন্নুংদগী তাওখৎলকএ। অদু নোংগীবু তুরেল লাং মৈপুংও তৌনা কৌএ। চিংঙু নোংথৌ সোরারেন্না। য়োইহৈতেন তাওথিংমাংও। নমোম মেনুনিকিদি লাংমৈ মরু-থেৎকা তাওখৎমন্নরকঙৈনে। নশাবী ঙাংঙোই য়োইনোংবনা মেনু শাবনরিঙৈনে। হায়না পাওমেনববু হোইদা চিংঙু সোরারেনও। ইশাবী লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংবদি। হাওরৈ খানা পাংবরমদা। মোংবা তুতেংখিববু। লাইরেল মরালয়াইদ ৱাইথুংদরিঙৈনে। হায়না

---

মিৎয়েং শানখৈরিঙৈ—মিৎনা য়েংলিঙৈ। খোংলেন লয় য়াৎপা—খোংগী মমি য়াৎপা, খোং তৌবা, তেংবা। লাংমৈ মরু থেক্তি—কোক্তা থেৎপা লাংমৈ মতুদি। লয়নিনবানিকিনিনা—লয়পাক শুবা ওইবনিনা। মেনুনিকিদি—মেনুগী। তাওখৎমন্নরকঙৈনে—তাও-খৎলকএ। মেনু শাবনরিঙৈনে—মেনু শাবনী। মোংবা তুতেংখিববু

পাওখুম্লবদা। খোইমোম লাইনিংথৌ, অরাং পাখং য়োইরেনবদি। থিংলৌ নিংনা তেনা হলবাইরক্লবদা। লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবদি। খোইমোম লাইফমলেন, কংলৈ পুংময়োন্দা থিংলৌ নিংনা তেরক্লবদা। চিংঙু নোংথৌ সোরারেম্না। তিল্লাং মখোই শাওনা, লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবা নংদি। নমোম মেন্নু লৈতববু। লৈএ হায়না চিলহাবনে হায়থবদা। ঙাংঙোই য়োইমোংবনা পাওখুমলকএ। ইমোম মেন্নু শাফবীদি খোইমোম নংঙোন্দা খুংসিন্নঙেনে। থোংলেন খুংয়োল থানা লাইজ ঈদা তুমখিবদি। চিংঙু নংদি খোইমোম লাই মক্ন নত্তবরা? মার মখোংখুল লিঙমদনা কদৌবা হলবাইখিবনো? হায়না পাওখুম্লবদা। অরাং পাখং য়োইরেনবনা লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবা নংদি মালেম লয়নিনবা, থোংলেন লয় য়াৎপনিকিনিনা। মোংবা তুখুন ইন্না ইলখিবগী। শমু ননাতোনদা মালেম লয়নাং পক্লিএ। চিংঙু ঐবু তাংশক্তে হায়না তিলাং মখোই শাওনা রাতা থিখিএ। লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবা নং কোরৌ ন্নমিৎ মঙানি

---

—তুরেল তেংখিববু। রাইথুংলদরিএ—হল্লক্লিএ। থিংলৌ নিংনা তেনা হলবাইরক্লবদা—থুনা য়াংনা হল্লক্লবদা। তেরক্লবদা—হল্লক্লবদা। তিল্লাং মখোই শাওনা—য়াম্না শাওনা। চিলহাবনে—চিন থিবনে, ওইদবা হায়বনে। থোংলেন খুংয়োল থানা লাইজ ঈদা তুমখিবদি—থোংদগী ঈশিংদা চোংথখিবদি। লাইজ ঈদা তুমখিবদি—ঈশিংদা চোংথখিবা, লুপখিবদি। মার মখোংখুল লিঙমদা—লম্বী থিবা ঙমদনা। মালেম লয়নিনবা—লৈপাক শুবা। থোংলেন লয় য়াৎপনিকিনিনা—থোংগী ময়ি য়াৎপা, থোং তেংবা ওইবনিনা। তাংশক্তে—

ঙাইখমও। হায়ঙাম্লগা চিংঙ্ নোংথৌ সোরারেম্ল। খোইমোম মঙাইরোই চিংঙ্ মহিশাংশিংগা কোরৌ নোংলাংপান্দা তেখৎখিরে।

হয়েং কোরৌ নুমিৎ শিংবুম মঙানি শুরবগা, কোরৌ খাক্তুম খাক। ৱাংবন লাওতুম লাওনা নোংলেন মখোং ফুইনা চুথরবগী। লাইজ য়িনা ঙম্লক্লে। কোংয়াং ৱাতোন অৱাংবসুং। চিংলেন পম্লা অৱাংবসুং থুম্লবদা। লাইরেল মচিন মনাওদি, তোংনা য়াম্লযম্লু লৈতরে। অৱাং লাইনা পাংবরমদা। মিৎয়েং শানখৈথিববু। অৱাং মোংবী চিংদাইরেম্বু খুমদবনিকিনিনা লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবদি লেম্লৈ ঙানা তৌবগুম মোংখৎখিএ। মমা লৈঙোই মফোনম্নচানা পোকপী। শৱা পোলবী চিলপাকপীসুং। তিললি নম্বু সেনবীসুং, লাইরেল মতুং ইনখৎখিএ। মচেং কাইরৈ সোকচোন নুচানা। খোই-নৌ ইতা পোলবী চিলপাকপীও। ঐদি লাইজ য়িদা হৈতবনিকিনা য়িমু খৌয়েক্লনা নোংমনঙৈনে। পোলবী শাগল তুফাংনুংদা। য়েপ্পা সোইরেন ফুম্বী থক্তা থাংকৎপিঙামও। হয়েং পোলবী ইতা নংনা

---

উশিত্তে, থৌওইদে। তিলাং মখোই শাওনা—য়াম্লা শাওনা। হায়-ঙাম্লগা—হায়বম্লগা। কোরৌ নোংলাংপান্দা তেখৎখিরে—কোরৌ থক্তা কাখরে। য়িনা ঙম্লক্লে—ঈশিং য়াম্লা চাওরে। তোংনা য়াম্লফম—তোংনবা, খাংফম, লৈফম। শৱা পোনবী চিনপাকপী—ঙানু। লাইজ য়িদা হৈতবনিবিনা—ঈশিংদা ঈরোইবা হৈতবনিনা। য়িমু খৌয়েক্লনা নোংমনঙৈনে—ঈশিংদা ঈরাক্লতুনা শিরগনি। সোইরেন ফুম্বী থক্তা থাংকৎপিঙামও—ফুম মথক্তা, অতোংবা মফমদা থাংগৎ-পিরমও। লোক্লৌ শানা কোম্লা — য়াম্লা নিংথিনা কোন্দুনা।

নকুম থুরবদা নখোইনৌ নতা ঐনা, লোক্লৌ শানা কোম্না হাকোকপিকে হায়না পাওমেনঙাম্বদগী। পোলবী চিলপাকপিনা সোইরেন ফুম্বৌ থক্তা থাংকৎঙামএ। অদু নোংগীবু ফুমফৌ য়েতাওনা তৌনা কৌএ। লাইরেল মচিন মনাওদি। মোংবী চিংদাইরেম্বু য়েৌঙল্লবগা। কৌবা অঙাংঙাগা, মমোম লাইরোক লেপ্পীগা লমঙক্লরে। অদু নোংগী লমঙকও তৌনা থোনএ।

কৌবা অঙাংঙানা। লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবগা মশানৌ তাঙথিংমাংগা অনিমবু। খুজেং হাংজ পাইনা চিংখৎঙানএ। লাইরেল মচিন মনাওনা ব্রাইম্লকএ কৌবা অঙাংঙাও শানৌ ইপিংঙাদি লাইজ য়িনা ঙাল্লবনিকিনা মোংবী চিদাইরেম্বু ইন্দাল্লকপনে হায়থবদা কৌবা অঙাংঙানা কোরৌ চিন্দুম চিনলকপা ব্রাংবন লাওদুম লাওরকপা অসিবু ঐ থৌখায়গে হায়না হৈগুম থৌনা হায়ঙামএ অদু নোংগী কৈরেনবা খুনবঙ তৌনা কৌএ। কৌবা অঙাংঙানা, কাওরেন সনপৌ থি। তেকপী ঙকপৌ থি। তাওবা হুইথৌ থি। কাইরে য়েম্থৌ থিগা। ঙাংলেন ঙাংজৌ নপাল য়ম্না কোনৌ মপী তোনবু থৌখামএ। ব্রাংবন থিংলৌ নিকপবু থৌথিংএ। চন্না মঙনা কাখিএ

---

হাকোকপিগে—পোকপিগে। সোইরেন ফুম্পৌ থক্তা—অচৌবা ফুন মথক্তা, অতোংবা মফমদা। ইপিংঙাদি—ঐখোই অনিদি। লাইজ য়িনা ঙমলবনিকিনা—ঈশিংনা ঙল্লবানিনা, ঈশিং থুম্লবনিনা। ইন্দাললকপনে—ত্থম্লকপনে লাকপনে। কোরৌ চিন্দুম চিন ব্রাংবন লাওদুম লাও—নোং থাক লাওদুনা, বন্না চুনা। কোরৌ মপী তোনবু থৌখামএ—নোং থাম্লে, নোং চুবা লেপ্লে। ব্রাংবন থিংলৌ নিকপা

চিনবাও কৌএ। পানা সানা কাখিএ পা ওখুনও হায়দবরা? তাইনা মেন্না কাখিএ চিংদাইও কৌএ। কোরৌ মপাতোনবু হুপনা মাংখিএ, লুহুপ্পও তৌনা কৌএ। লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা মাপং মরাং হৌববু লাংলেন কোংয়াং রাতোন অনিনা চিললোকনববু মিংয়েং শানখৈরে। কোরৌ চুমিতাং রাংবন চুমিতাং খানবা মপা মতন উরৌরে। লাইজ মথি নাই, ঈমু মরাং হৌবদি চিংলেন নাপোম অনেম্বা হাওরৈ নোংচুপ্পা পাংবরমদা চেনথখিরে। লাইজ তলহৌবা ঈমু লেমহৌবদি লাইজ ঈরৈ চন্না কংচিনখরে, কংলৈও তৌনা কৌএ। পুমনা লাংশিনখিরে লাংশংও হায়দবরা? লাইরেল মচন মনাওদি অরাং মোংবী চিংদাইরেমদগী কংলৈ পুংময়োন্দা রাইথুংলরে।

মশাবী লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা শানৌ য়োইহৈতোন তাওথিংমাংও। মোংবা থাংঙা য়ুমজাও শাসে। উরেপ চারা খিন, মিয়াৎ মিতম য়ুংসে। কোংয়াং লৈথা হুনসে, কোলথা ফাইরেন ইবু ইরাংলুসে। লেপ্পে ঙানা লমলুক ওই। শারেন শানা চাক্তানএ। য়োইরেন লেংনা ফাং, অশৈ খোংফাং লেংনা তিন, অমাই নাক্লৌ

---

—নোং খাকপা। থৌথিংএ—থবক থিংলে, লেপ্লে। উরৌরে—উহৌরে। মথি নাইবা—শাওবা, ঈশিং ঈহৌরকপা। ঈমু মরাং হৌবা—ঈশিং চাওখৎলকপা। মরাং হৌবা- লাংবা। কংচিখরে—কংশিনখরে। পুমনা লাংশিনখরে—কংশিনখরে, নেমথখরে, চুপশিনখরে। থাংঙা—লপলেনকা। উরেপ চারা খিন মিয়াৎ মিতম য়ুংসে—যাত্রা হুল্লসি, য়ুম্বীরেন অমসুং লোইনচিংবা য়ুংলসি। কোনথা ফাইরেন ইবু ইরাংলুসে—ই ফাললুসে (মী ময়াম মান্নবুনা ই ফানববু

শিন্না, কোম্বা কন্নেন ইবু চান। মমাই খাওরুইএ। মোংবা মমৈ স্তু ঈকু মিতম পৈরে। য়োইরেন নাক্লৌ শিলখাবী লেংনা ফাং। অশৈ লেংনা তিন্না উরেপ চারা খিল্লে। মিয়াৎ মিতম য়ুংলে। লাংলেন কোয়াং রাতোন অনি চিল্লোক্লবৰু পান্দম মপা লৌনা মোংবা য়ুমজাও শারে। কোরৌ চুমিতাংবু পান্দম লৌনা শাইনোম য়াংতেক হেল্লে। য়ুমজিন চাকো নারেং থাংলে। মমাইবা কোন্দে খুংচুম মাই শিন্নাই মাইগা শকপনা তুবী কোইজা য়েক। লাইরেল য়াংলি শোনবু তন্না খুনবী নোংলৈশঙনা ফৈথিংনা, লৈখাম তারৈ য়ান্না হেলমোইলে। শাইবু শেন তোপ্লবদা। লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা। ইশানৌ য়োইহৈতোন তাওথিংমাংও; মোংবা শায়া কোৎচংনবা য়াওরৌ লাবা খুমনবু, য়াংদো শারম লিসে হায়না রাইরা শাদাল্লকপা য়াওরৌ কমহৌ শাবু লমওক্লরে। লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা। য়াও-রৌ তুংইন্না তান্নরকপদা। নোংবা শমু মখুতোনবু পুংথরমএ। অদু নোংগীবু মোংবা কম্বোংপুংও তৌনা কৌএ। য়াওরৌ কমহৌ শাদি অরাং লাইনা পাংনা চেনখংল্লকএ। চিংঙু সিদবা খোইমোম নাদবা চিংঙু নামুংববু কোইনা কোইনা লৈরুরে। লাইকোইও কৌএ।

কাইরেন হৌবা হায়না থংনৈ। ইবু ইরাংলুসে—ই থৌরাং তৌরুসে। য়োইরেন ········ খাওরুইএ—অশৈ, অমাই, য়োইরেন শঙ অহুমগী মীনা ই ফাল্লুইএ। শাইনোন য়াংতেক হেল্লে—শাই কল্লে, য়াংতেক তেক্লে। তুবী কোইজা য়েক—লাইগী ময়েক হাপ্পা। য়াওরৌ লাবা খুমনবু—ওক লাবা। য়াংদো শারম লিসে—শাগী চৎকম য়েংসে, শাগী লম্বী য়েংবা; খোঙ্গুল লিবা। য়াওরৌ কমহৌশা—লাইশা,

মোংবা য়োইজিংলেন্দি, য়াওরো তুংইন্ন তান্নরকপবু, কোরো নোংদম-দবগী শমু মখুৎতোনবু য়ৌরে। ময়াংও থোন্নএ। খোইমোম সিদবনা পাওমেনভামএ। লাইরেল ভাংভোই যোইমোংবও। য়াওরো নংগী ফমহৌ শা অসিনা। খোইমোম ঐবু কোইররে তিমেন নখুৎশুবু চৈরৎও। চিংঙু ঐনা য়াওরো শাশিং চামা শুনা লমকুবীগে হায়দ-বরা? ভাংভোই য়োইমোংবনা খোইমোম কোলোই ময়াথংগী লাবা খোক্লাং মশোল্লম্বু চৈরক্লবদা। য়াওরো শাশিং চামা শুনা লনকুনীরে। য়াওরো শাদোং চিংনা লেপ্লে, তোংজিংও কৌএ। মরু মরাংদি পৈনা থম্লমএ শারুপৈও থোন্নএ। য়াওরো শানা লানখিএ শালানও কৌএ। য়োইময়াইনা মতাং থেং, অঙানবনা থোঙলেল খল্লবগী। পৈনা লেক্লমএ লমলেন লৈনরেকও তৌনা কৌএ। লাইরেল ভাংভোই য়োইমোংবনা য়াওরো শাঙারান, ময়াং লাইকোইচং, তোংজি শরুপৈ লম্লেন লৈনরেক্কী শচিফোই লমঙাক তান, থোঙলেন কাকফৈপা; ময়াং নহা শরৈ থেম্লক্লে।

---

য়োইজিংলেন্দি—য়োইমোংবদি। চৈরৎও—লেপ্লো। লাবা খোক্লাং মশোল্লম্বু চৈরাংলবদা—তাখোক হায়গৎলম্বা লেপ্লবদা। য়োইময়াই —নুমিৎ। অঙানবা—নুমিৎ। নোংদমদবগী—লাইনা তমদবদগী, পিদবগী। ফমহৌ শা—লাই শা, (লাইগী শা) অচেনবা শা। অঙানবনা থোঙলেন খল্লবগী—নুমিৎনা মাগী মফম (মতম) লোই-রবগী। শচিফোই লমঙাক তান—লাই শা তানবা। থোঙলেন —থোঙ, মফম। শরৈ—থবক কন্না শুবা। শরৈ থেম্লক্লে—ইরাং থৌনিবা। য়োইশগাই—ফজবা য়ুম, কোন্নুং। ফম্মোই মিংকা

কংলৈ পুংময়োন মোংবা য়োইশগাইদা ৱাইথুংলে। শজি শয়া অফবদি লাক্কা থোংগা য়াল্লে। মোংবা য়ুমজাওনুং চংনা, য়াওরৌ শায়াই কোত্তা য়াইচল্লে মশানৌ য়োইহৈতোন তাওথিং-মাংনা লাইরেল ইশাবীও উরেপ চারা খিল্লে, মিয়াৎ মিতম য়ুংলে। য়াওরৌ শায়াই কোৎচংনবসুং তৈনা শেম্লে। ফম্মোই মিৎকা ফালাং-মৈবু তাংলরো। হায়না পাওমেনববু। লাইরেল মশাবীনা পাও-খুম্লকএ। শানৌ য়োইহৈতোন তাওথিংমাংও। লোইবী চীং ককয়েন ফারে। মোংবা য়ুমজাও শায়িগুন। হয়েং তাইবং নোংশা পানগী পাওশা মতোন লোমদরিএ। কিকোৎ মঙারক শানথুপখিসে। নশাবী ঐ তেৎনৌ য়োৎকোন চিনাই খোইবু লনকুবীগে, শারেন তেকপী শানা খোইচাক ওইও হায়না লনকুবীরবগা। ঈরেং থাঙ-হুৎৱাদা। শারেন তেকপী শানা খোইচাক ওইনা। নাম্বা খোই-শোলবদা য়োইহৈতোন তাওথিংমাংনা। লৈবাক শঙদা লৈবী, কোরকান্দা ফম্বীবু লৈতুম হুন্না পাওদোইখিএ। চেগাই লংনা

---

ফলাংমৈ তোংলরো—নিংথৌ ওইনা ফম্বাল তোংলরো। শায়িগুন—শাবগুম। কিকোৎ মঙারক শানথুপখিসে—নারোংপী মঙারক শান্নখিসি। তেৎনৌ য়োৎ কোন চিনাই খোই—খোই (ঙা ফানবা খোই)। নাম্বা খোইশোনবা—খোই হায়গৎপা, খোই থাবা। ঈরেং থাঙহুৎৱা—খোইজৈ। পাওদোইখিএ—ফাগী জগাই তৌবা, হরাও কুম্মৈ তৌবা। শাল ওল মতে য়াম্বী—মপোক য়াম্বী। চোম—উ পাম্বী মখল অমা, লৈওইনসু শিজিন্নবা। শারেন তেকপী শাবু—খোইচা ওইনবা ওকশা। লৌঙামএ—লৌথোক্লে। ঙাপুমমদসুং

পাওশাববু। য়োইবু খোইমোম লাইরেম্বা, শানওল মতে য়াম্বীনা পাওমেম্লকএ। হে নহাবা, লৈকু মরুম খোই চোৎপা, লৈরাই মরুম খোইহাইবা, নংনা লৈতুম হুন্না পাওশাবা, চেগাই লংনা পাওদোইবা মোমনু পুল্লাং লুরোই কাইরেদো শিংবীরোইবু হায়বরা। শিংবীগেবু হায়বরা। হায়না হায়থববু। ঐদি নংবু হুম্দেদা লৈপাক শঙদা লৈবী কোরকান্দা ফম্বী, চোম কাইদোই শিবীবু হুনবনে হায়না পাওদোইনএ।

য়োইহৈতোন তাওথিংমাংনা নাম্বা খোই শোলববু। মশাবীনা লৌশিং পান্দম থংগে হায়বগী লাইজ ঈরোম্নুংদা, লেম্লে ঙাবু শানা। শারেন তেকপী শাবু ঙাম্না লৌঙামএ। মশানৌ য়োইহৈতোন তাওথিংমাংনা। ঐনা মালেম মনারোইনা নাম্বা খোইশোলববু। তেকপা ওকপুমমগী শারেন শাথোপ থেনবসুং ঙাম্লে। লেম্লে ঙাপুমমদসুং ফাদে। হায়না উনবী লৈনিংশিংনা। ইশাবী লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা লনকুবীবা, তেংনৌ য়োৎকোন চিনাই খোইও। হায়না উনবী পুক্লিং পিনা নাম্বা খোইশোলববু, লাইজ ঈরোলনুংদগী লাইরেল মশাবীবু। তেৎনৌ য়োৎকোন চিনাই খোইনা লৈরাই মুংবী থক্তা থাংথৎঙামএ। য়োইহৈতোন তাওথিংমাংনা ইশাবী নংদ কদৌবা লেম্লে ঙাবু শাবনো? শারেন তেকপী শাসুং ঙম্লে। লাইরেল

---

—ঙা অমত্তসু। উনবী লৈনিংশিংনা—পুক্লিং লৈতানা, রাথল তৌনা। তেৎনৌ য়োৎকোন চিনাইখোইও — য়োৎ অকোনবা মচি পানবা (ঙা ফানবা খোই)। নাম্বা খোইশোলবা – খোই হায়গৎপা। তেৎনৌ—য়োৎ। চিনাই—মচি পানবা। লৈরাই মুংবী থক্তা—

ইশাৰী নংবু ফম্মোই মিংকা ফলাংমৈ তোংলরো হায়না পাওমেনববু।
শানৌও কিকোৎ মঙারক শুদরি। কিকোৎ মঙারক শানখিসে।

লাইরেল মচিল মনাওনা তুরেল লাইজ ঈদা কুম্মা ৱাহি শৈদান্নবা। লাইরেল মশাৰীনা লাইজ ঈদা লুপখিববু। লেমৈ ঙারেন কোকপাকপিজাগী। ঙানাল শোংয়া মনুংদা চংনা শানথুপ্লে। মশানৌনা লাইজ ঈরোম্নুংদা মানা মানা থিবসুং থিখংদরে। তোরৈ নমশাং শিৎ, হিদেন চংলৈ হাংদনা মার খোংখুল লিববু লিখংদরবদা। য়োইহৈতোন তাওখিংমাংনা লাইজ ঈরিক লাইবু থক্লবদা। ঙাগী ঙারেন পুম্নমবু ঙম্না শানফোংলক্লে। ইশাৰীদি লেমৈ পিবুকনুংদা শানথুপ্লবানরিঙৈনে। হায়না লেমৈ ঙাপুম থিনা। থাংনা থাংনা য়েংববু। লেমলৈ ঙারেন কোকপাকপী। ঙানাল মীমাবনা থোইনা লুমঙামএ। লাইরেল ইশাৰীদি মালেম তাইবং পানবা পুম্নমবু কেইরেং থোইদিং নকুন পুরিবনে। লেমলৈ পুম্নগা। ইশাৰীনা শানথুপ্পা ঙাগা মান্নদে। হায়না ঙানাল মীমাবীবু। লৈরাই

---

লৈরাই মথক্তা। ফম্মোই মিংকা ফলাংমৈ তোংলরো—ফম্বাল তোংলরো। ৱাহি শৈদান্নবা—ৱাহিগুম খোঞ্জেল নুং শবা। ঙানাল শোংয়ানুংদা চংনা শানথুপ্লে—ঙানাল মপুক মনুংদা চংহনা লোংখিগে। লিখংদরবদা—থিবা ফংদরবদা। ঈরিক্লাই—ঈশিংগী লাই। ঙামনা শানফোংলে—লোইনা ফোংদোক্লে। শানথুপলবানরিঙৈনে—লোৎলিএ, লোৎলমগনিএ। ঙানাল মীমাবা মী মানবা ঙা, মী থিবা। ঙানাল শোংয়ানুংদা তুমঙামএ—ঙানাল মপুক মনুংদা লৈরমলে। ফম্মোই মিংকম ফলাংমৈ তোংলরো—ফম্বাল তোংলরো। প্লাওথেম্ববু

মুংবী থক্তা থাংখৎলবগা। থাংলেন ইখুংগুনা খাইশি হায়বস্থং। লাইরেল ইশাবীবু শোক্লগনে। শমু খুংনা শেৎনা য়েংববু। ঙানাল শোংয়ানুংদা তুমঙামএ। ইশাবা নংবু থিখংলবনে। ফমমোই মিংফম ফলাংমৈ তোংলরো হায়না পাওথেম্ববু মশাবীনা পাওয়াদে।

লাইরেল ইশাবীও কিকোৎ অমরক শানথুপখিসে। হায়না কোংয়াং ৱায়ামলক্তা চংনা লাংলেন ৱাতংনুংদা শানথুপখিবা লাইরেল মশাবীবু মশানৌ য়োইহৈতোন তাওথিংমাংনা লাংলেন কোংয়াং লক্তা থিখিববু। ৱাত্রে শিনহৈবীনা পাওতাক ঙাম্বা ৱাগী কোংয়াং ৱাপুম য়েংনা য়েংববু। লাংলেন কোংয়াং ৱাতংনুংদা চংনা শানথুপ্লবু মিৎয়েং শাংথৈরবদা লাইরেল ইশাবী নংবু। নশানৌ ঐনা থিখংলবনে। ফমমোই মিংকা ফলাংমৈবু তোংলরো হায়না পাওথেম্ববু। তৌইগীদি ইশানৌও। কিকোৎ অমরক্তুম শানখিসে হায়না পামেন উয়ামলক্তা চংনা শয়ি শারকনুংদা চংনা শানথুপলে। মশানৌ য়োইহৈতোন তাওথিংমাংনা, লাইরেল মশাবীগী মার খোংখুল লিখিববু। উত্রে শিনহৈবীনা লাইরেল নশাবীদি শয়ি শারকনুংদা

—হায়জববু। পাওয়াদে - য়াদে। কিকোৎ অমরক শানথুপখিসে —নারোৎপী অমুক লোৎখিসি। কোংয়াং—ৱা। লাংলেন—ৱা। ৱাতংনুংদা—ৱা মতাং মনুংদা। পাওতাঙম্বা ৱাগী — তাকলম্বগী। মিৎয়েং শাংথৈরে—উরে, থেংনরে। ফমমোই মিংকা ফংলামৈ তোংলরো—ফম্বাল তোংলরো। কিকোৎ—নারোৎপী, অরোৎপী। শয়ি শারকনুংদা—শয়ি (উ মথল অমা)। উথুং—উ অহোবা মনুংদা। শয়ি শারকনুংদা শানথুপঙামএ—শয়ি উথুং ( উ অহোবা ) মনুংদা

শানথুপলিএ হায়না পাওতাক থোনগী। মশানৌনা শমু খুৎনা শেৎনা য়েংবনু। শয়ি শারক নুংদা শালথুপওামএ। লাইরেল ইশাবীও কিকোৎ মঙারক শানথুপসু থিখংলবনে। ফমমোই মিৎকা ফলাংমৈ তোংলরো হায়ববু করিগী পাওয়াদবনো হায়না পাওমেনববু। লাইরেল মশাবীনা ইশানৌ য়োইহৈতোন তাওথিংমাংও, য়োইনা ইথৌচনবু থৌচান লনকুঙাম্বীগে হায়না। মশানৌ মৈত্রেমা হাওনুখুবু। শাবু নোপু শমলাং মাইঙৌশিল থিকলাং থাবাং শিশিল শাশিন, তোশিন্নবা লনকুরবদা। শানৌ য়োইহৈতোন তাওথিংমাংও। কিকোৎ মঙারক শানথুপনখিসে হায়বনু কিকোৎ মরিরক্তা ঙাইরিএ। কিকোৎ অমরক ৱাৎলিয়ে, হায়না পাওমেল্লগা। মোংবা থাংঙা য়ুমজাও শাঙৈগী ইকু মিতম ফৈনা ফম। মোংবা পামা মৈশুৎতা কিকোৎ অমরক শানথুপখিরবগী মশানৌ য়োইহৈতোন তাওথিংমাংনা। কোরো নুমিৎ চুপ। মালেম মানারোই, থবী মতাং তেন্না মশাবীগী মার খোংখুল লিনা থিবসুং থিখংদরে হায়নবরা? অদু নোংগীবু। তীললুপ, লাইরুপ খাইবও তৌনা কৌএ। তুবী অনিমগী মতেহৈ।

---

লোৎলমএ। থিখংলবনে—থিবা খংলবনে। য়োইনা ইথৌচানবু থৌচান লনকুঙাম্বীগে—ইচাক ইরন পীবিরমগে। য়োইনা—চানবা, নুংশিবা। মৈত্রেমা—মৈতৈ লৈমা। থবী মতাং তেন—নুমিৎ থেংবা, নুমিৎ থেংনা। মশাবীগী মার খোংখুল লিনা থিবসু থিখংদরে—ময়াম্বগী চৎখিফম লম্বী থিবসু থিবা খংদরে। অদু নোংগীবু তীললুপ, লাইরুপ খাইবও তৌনা কৌএ—নুমিৎ অতুদগী তীলগী কাংলুপ, লাইগী কাংলুপ (মীগী কাংলুপ, লাইগী কাংলুপ) খাইবা

লাইরেল অনিমগী মশালগুল য়াম্ববু হযা লাওনা কোনচিল্লমগে হয়ি, হয়া, হয়ি, হয়ি ॥

---

হায়না খংনখি। কোনচিল্লমগে—কোনশিল্লমগে। হয়ি—ইপা। হয়া—ইমা।

---

## লোইরবা।